# খাখল-শৈরেং

০ঃ * ঃ০

ই, সোনামণি সিংহ

অহানবা নম্বা
নবেম্বর, ১৯৪৯ ইং।

ফোংজবা ঃ
এস, তোম্বী সিংহ,
পুলিশ লেন, ইম্ফাল।

Price Re. 1·00

খব পুম্নমক লাইব্রিকলেংবগীনি ] [মমল—৸৴০

ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল-দা নম্বা।

শ্রীমান সোনামণি সিংহ,

ইবুংঙো,

নংগী "রাখল-শৈরেং" পারে। মতম কুইনা নমশিল্লুনা থম্লরে রারোবা য়াদে। সত্যগী সন্ধান তৌবদি হৈগদৌরি হায়নিংঙি। অতোপ্পগী করি মত ওইগদগে খংদে। রাহৈ রাতা থনবস্থ য়াম্লা হৈবে, ভাবকা ভাষাগা চুননা তিন্নহনবা ওম্বগী থুদম অচৌবা অমা উরে। নহাক্কুম্বা কবিগী মশিংনা য়াম্লা লৈরবদা মৈতৈ সাহিত্যগী উন্নতি করম্না ওইরোইদগে?

অহুবু ঐনা হুংঙাইতবা অমদি লৈ। কবিতাশিং অসি অস্থুম ফোংদবমখৈ থম্লবদি মৈতৈমচাশিংগী পানিংবা রাখলছু থুংশা ওম্নোইদৌরি। অদুনা ভগবানগী থুয়াখাদা ঐনা থরাই রাওনা থুক্কমজরি, "রাখল-শৈরেং" অমদি নহাক্কী অতৈ পুম্নমক থূনা ছাপা নমদুনা ফোংদোকহনবিউ হায়না।

অরোইবদা ঐনা অহল অমা ওইনা আশিষ তৌরি। কলমগী সেবা তৌবা লেপকনু, জগৎকী উপকার ওইগনি, নশাগীসু হুংঙাইবা পোকনি। ইতি—



নহাক্কী,

॥জং

তাং ১১।৮।৪৯ ইং।

কথোকচবা

নিংশিংনফম ওইরবা
থম্মোইদা কাওডমদ্রবা
বাঁরুণীকুমার হে তাচৌ
নহাক্কী মুংশি নকাদা
হাপ্তুনা স্মৃতি শেম্পাক্কা
কংচরি "রাখল-শৈরেং"।

ননাও—
ই, সোনামণি সিংহ।

# রাহৌদোক

থংউ উরুবা লৈতনা পুক্লীংগী খোঙ্মাং থর থরদগী থোকথিবা "রাখল-শৈরেং"নি। শৈরেং করিনো, করম তৌবা হৌনবগে মুন্না থঙজদে, অদুনু অহানবা উরুবা পরেং, পাংতি মওং থরদু শৈরেংনি হায়না থঞ্জরুবা মতু মাম্নবা হোৎনজবতনি। অঙকপগী মশক ফংলবা আশা অমনা শান্তি ১দি অচুম্বা থিম্না হায়না থম্মোইদা ঈনশিনবগুম তৌই। অদুবু শান্তি ১স্মুং অচুম্বা কদায়দ্ব কৌবগে মুন্না থঙজদে, মশক লাকপা ঙমজদে ; অদুম ওইনমক "শান্তি" হায়বা কোলোয় অসিমক্না থম্মোইদা মুঙাইবা অমা পোকচল্লি—ওস্নোক্না থুমখ্রে। তংথাই খঙবা অচুম্বা ঈহুল অদুনা অনৌবা মওং তাহম্নবা হোৎনবদা শেমগৎ শাগৎপগী রাখল চংই, মদুগা মুঙাইবা ঙম্নবা পাঙ্গল অমা লৈ, মদুতনি তাঙ্গিবা।

মতম কুইনা থঞ্জরবা তুংদা মতেঙ পাংনববা মীওইবা সমাজদা মতিক চাওরবা শকউদবা অমগী থৌইনশিন্দগী, ঐগী চায়রবা শ্রীযুক্ত এস, তোম্বী সিংহগী ১দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেসকী মতেঙদগী ছাপা তৌজবা ওমই। ঐগী মুংশিজরবা য়াম্নু শ্রীযুক্ত রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহদগী উৎসাহ [illegible]ংতৈ। ১স্মুং ঐগী ফোরয়ার্ডস্নু ইথিরি। পুন্নমক্না মকমদা ঐগী তৌবীমল থঙবা উৎচরি।

অয়োইবদা মতিক চাওরবা সাহিত্য লৈকোলগী লৈরাং

চার অমনি। অদুবু হৌখ্রবা, লৈরিবা ১স্নুং লাক্কদবা মৈতৈ সাহিত্যগী চাওরবা লৈকোম্মুংগী খংবী উবিত্রবা কোচিন অমদা,—খুইরবা লৈরাং চার অমা থাকুবদা—পত্তুনা পুমদনা মাঙখ্রবস্নু নত্রগা সাহিত্য লৈকোল লৈতেংবগী শরুক থজিক্তুং য়াবা ঙমগবস্নু ঐগী লাইবক ফবনি; অদুগা ঐগী নুঙাইজবদি—সাহিত্য লৈকোন্দা অমত্তুং থাজখ্রে—হৌবা হৌদবা খঙজদে—অসিতনি।

ইম্ফাল,
তাং ২১।১১।৪৯ ইং

এলাংবম সানামণি সিংহ,
য়াইস্কুল—লাক্লাওং।

# বাখল-শৈরেং

## লাইবক চাওবী ইমা

অরেম্বা মপোক্কী তুমখুনাসদা
তুমদিবরা নংদি নথরবতা ?
নতারোইদি নমায়বী
য়াহৌখরে অমুক্তা মতমদী
কোয়খরে জগতপুম্বা শিন্থুংনা
য়েনখরে লৈজবা মনম থুংনা
মৈতৈ লৈমা লাইবক চাওবী
নংদি, কয়া কুইনা তুমখিগনি ?
শেপায়রবা কিজোন শেংলহনা
লেনখিগনি নংদি কয়া কুইনা
ওয়াংতবী নমায়বী
লৌখরে চাওখৎপা কিজোন্দি !
ওসি নংগীদমক হোৎনজবা
পিবিয়ু খোনা খবক পাংনথা।

তাং ২৬।৬।৪৫ ইং

২

## হায়জবা

নিংজগে নংতব
লমজিংবীয়ু ভোল্লববু ;
মম্লবা লম্বীদা
শুক্ল মম্লবা অহিংদা ;
ওইবীয়ু নহাকনা
লংলবা মঙাল পিবিবা ;
নাল্লবা লম্বীদা
ওইবীয়ু পাম্বে নহাকনা ;
সংসারগী লম্বীদা
লমথুংফমদি খংদরবা ;
ওইবীয়ু নচাদা
অচুম্বা লম্বী তাকপীবা।
লাকনবা ননাক্তা
মমলবদা তাইবং পুম্বা॥

তাং ২৭।৬।৪৫ইং

---

## পুক্কিংগী আশা

নতুং লাংগী য়াবনা
পোমাংলৈঙেদা পত্তুনা
মাংজহৌরগে ইথননতা।
থম্মোইগী কংলবা লৈকোল্দা
লৈকংলাসিদা শারবা
আশাগী ময়োল অনৌবা
চোংলরোই কদোম্নুংদা
মরিচিকা তাম্নবদা
চোকথরবা ঐগী থম্মোইসে
লানবীরোনে নুংশি সাগরসে
চৎচগে শান্তি লম্বীদা
পোথাজগে নথানুংদা;
অরাবা ঈহৌরকপদা
থ্‌মদনবা কদোম্নুংদা॥

তাং ২৮।৬।৪৫ ইং



## কাওজরোই

মপোক লাংলোন থুদিংদা,
কাওজরোই নংগী লৈকম
ইংলবা শান্তি লমদা ;
উজগে নংগী শকফম ।
কাওজরোইনে মপোক থুদিং,
নিংজগে নংবু ঐনা ;
লেপলৈ মাংদা মিকুপ থুদিং,
উলৈ নংতবু ঐনা ।
কাওজরোইনে পুকনিং'সিদা
শেম্নীবা মপুনি নংদি
মতমগী থার'মিংঙয়েংদা
মাঙবা ওমলোইনে নহাক্তি
লাংচনি থম্মোই লাইয়ুমদা
"হুংশিবা" নংতনা শেম্নীবনি ॥

তাং ২১।৩।৪৫ ইং

## অঙকপা ইচেল

নংগী জীবন তরণী
য়াওদরে হিনাও শাবী
মতমগী ইরেলমুংসিদা।
থংহৌদনা লুপখ্রনি
খামঙয়রোই কনাদি
ময়বা তাইবং অহিংদা॥
নোংলৈ মুংশিৎ হৌরকলে
ধ্রুবতারা তাথরে
লৈনা থাংলে ইয়ায়সিদা।
থাইনা মালং হুমহনা
চিংশিল্লকলে নমহনা
অকাওবগী চীংয়াসিদা॥
কায়রনি নংগী তরণী
মাংখ্রগনি নংগী স্মৃতি।

তাং ৩০। ৬। ৪৫ ইং

## তেংথা-মাওই

মীনুংসি থংদরবা
মিকপ মিরাও পামত্রবা
অরাবম্নু চংত্রবা
পামদনাক্তা য়োজবা,
ঈশ্বরঃ থোজাল হৈবা
পিবিরে নংমা য়াবা।
ওমজদরে থাংজবা;
মতম কুইনা নিংজরকপা
মাগীদমক লেপচরকপা
পিবিত্রে মাবু হুংশিবা।
কপ্না কপ্না পুন্সিসিমা
তমথ্রমাল্লে লেল্লু হায়না॥
পাল্লবা তাইবং মালংদা
অতাংবা নত্তে দৃশ্তসে।

তাং ১।৭।৪৯ ইং



৭

## পেনহৈবা

মোমোন মোমোন নোঙ্কুনা
লাকলে মুঙাইবগী লাইরেম্বী,
অরাবা অহিংগী লাইরেম্বী,
মাংখরে মতম কুইনা।
অরোইবা মিকুপ্তা পুন্সিগী
মুঙাইনা মতম লেনখিবদি ;
মাপনি লাইবক ফবা ;
পোলোইহুদা পুন্সি অসিগী
নিংবা কায়না লেনখিবদি
লৈরিত্রা মাগুম রাবা ?
পুন্সি পোলোইদা পেনখিবদি
আমরা পুরদা লৈখিবনি।
তাইবংপানবগী জীব-নদি
পংনা ফংদেনে অসিদি।

তাং ২।৭।৪৫ ইং

## থাইন-য়ুখল

হৌখ্রনিদো মুঙাইবা পুন্না
লাক্লনি অহিংদো অরাবা
মকারাম্না নোকচরম্বা
মাইথোংথাজ ঙাঞ্জরম্বা
ব্লাকচিং উল্লেম্না য়ৈবদা
কংখ্রনিদো অরেম্বদা।
মতম কুইনগী নিংজরকপা
মশুংলাংগী'মক নংজরকপা
পুন্সিই অয়ুক্তা মুঙাইবা
মতম খোংলৈনা তমথিবা
কায়নবা য়ুখল থনবদা
ডংখ্রনিদো অরেম্বদা।
অকাওবগী তাইবংসিদা
থংহৌররোই কনামক্তা।

তাং ৬।৭।৪৫ ইং

## মীওই-লমচৎ

খাম্বী হৌরে লোইনা চাকলে
নৈচৌদরেনে করিস্নু
থম্মোই কায়রে থোইনা চাকলে
মূৎওমদরেনে লম্মৈস্নু ।

থম্মোই পোন্দা অচিকপদা
চেৎনা থমজবা চেক্লাস্নু
অথাপ্পদা পাইথরেদা
হল্লক্লরোইনে অমুকস্নু ।

থাংওমদরে থম্মোই নিকলে
থনখ্রে কায়নবা য়ুথলস্নু
কপ্পা থাংলে থম্মোই মল্লে
লাংশিনখ্রে মাইথোং থাজস্নু
অয়ুক কেল্লে পুন্সি মাংলে
অসিনিকো মীওইবস্নু ।

তাং ২৯ । ৭ । ৪৯ ইং

## তাইবং-খুৎশেম

তাইবং খুৎসেম, নিংথিজৈদা
খাংউ থক্তা মাংথিববু
কল্লকইদা, থম্মোইশুংদা
উরবোই হন্না মহাকপু।

তেংথা নাওই চাওরবীদা
পিবী নংনা অল্লাববু;
খুদাং পিক্ম, তৈববদা
য়েংবিদে নংনা মহাকপু।

নিংবা পুন্বা কায়রবদা
মাংহল্লিনে মুণ্ডাইববু
পুন্সিই মুণ্ডাইবা অয়ুক্তা
কংহন্দ্রে তরং লাইজবু।
মীওইবগী পুন্সিশিদা
উহল্লি তঞ্জনা'শিবু॥

তাং ৮।৮।৪৫ ইং

কল্লক-মৈশা

(ঐব) নংনা থম্বীরো অইংবা মকমদা
ঙমজদরে থাংজবা কল্লক মৈশা
থিজরুবে শিন্থ্ংনা তাইবংসিদা
লৈরমদরে মকম, থুংনবা আশা।

কল্লক চাওরবশিংনা অথাপ্পদা
নোক্লরি তত্তনা, থুবাকথুক্তনা
করম থাংসিগে কল্লক মিচৈসিদা
থাংঙমদরে নোক্লবা নোংচুপ কাকনা

বারৌগন্নু ইমা থম্মোই নুংত্থদা
হৌনবীনি অহেনবন্নু কল্লকপা
নোক্লবতনা থম্বনি শান্তিদা
মত্থদা মুংখিগনি কল্লক মৈশা।
নুংশিবীয়ুনে পংলবা শিংত্থদা
মাংখিনবা তমথিরবা ভরসা॥

তাং ৯।৯ ৪৫ ইং

## কোলোই

তাইবং পুম্বা লানবীবা
মাগী কোলোই নিংথিবা
শোঙ্গহৌ নপুক্লিংদা।

মাতনা মতিক চাওবা
কোকপীনি অরা'পুম্বা
নিংবা কায়বা লোকমুংদা

মির' খোঙ্গেলনা' ব্রাবা
খোম্থাংনা থম্মোই নিকপা
শোঙ্গৌ পুন্সি পোলোইদা।

কোলোইতনা নিংথিবা
তাইবংসিদা রারবা
পীনি শান্তি পুকনিংদা।
নিক্ল' থম্মোই লকাদা
ফংনি স্বর্গেই মুঙাইবা।

ভাং ১০।১০।

১৩

## নুংশি-চেক্লা

চেক্লা'চাদি নুংশিবী
পিকনা মনম শাল্লবী
পাথং থম্মোই লকাদা

কাওঙমদবা শকওংনা
থম্মোই পুম্বা হুহনা
তাইবং রাথল রাংমদা

মতম কুইনা থমলিবী
নৌনা ইথক কাহনবী
থম্মু যৌবন চিন্তাদা

অরা অনা কাওহনা
য়ার' থম্মোই লকানা
থঞ্জগে থম্মোই কুঞ্জদা।
প্রেনয়গী লুব' শাগরদা
ভাজগে চান্ন' ইপাক্তা॥

তাং ১৫। ১১। ৪৫ ইং

---

## ঈশ্বরদা

নং নত্তনা তাইবংগী কনা লৈবা!
থিজসন্নু মালেম পুম্বা
ফাওসন্নু তাইবং পুম্বা
লৈরমলোই মক্ষম কৈদা
থিবা কংলোই মালংসিদা
নংগুম্না থোজাল হৈবা।

নং নত্তনা তাইবংগী কর্না লৈবা
থিজরুরে মালেম পুম্বা;
নংগুম্না চানবীহৈবা
লৈরমদরে মক্ষম কৈদা;
পুন্সিই অন্না মুঙাইবদা
ওইরমলে নংতনা ঙাকপীহৈবা।
খংজরে কুইনগী তুংদা
নহাক্তনি পুকচেল চাওবা।

তাং ১৮। ১১। ৪৫

## নোংচুপ-চেক্লা
### (১)

ভারত নোংপোক চিদাইদা
নো'পোক ভারত থন্দুনা
হৌরমই নোংকুপ পাম্বী'মা
মপাল ফরকপা 'তমদা
নোংচুপ চেক্লা কয়ানা
লেনখি অকি'থং লৈতনা
তোংহুনা মাগী উশাদা।
লুনা তৌবা পাম্বীনা
লৌনম চাওবা চেক্লানা
থমহুনা ওয়বা রাখন্দা
মতমগী স্মৃতি কয়া'মা
মাংহনখিনে উৎওইনা;
চেক্লা মাগী লৌনমনা
থনখি ওয় তৈননা।

তাং ৩০।১১।৪৫ ইং

# নোংচুপ-চেক্লা
## (২)

পংলবা মৈতৈ মচানা
থাংখিদো নোকনা নোকনা
থংখিদে চেক্লাগী লৌনম
ওলহনখি অকাওবা মালং।
মীগী অফবা উরগা
মখোইবু হেনখ্রে থংলগা
কল্লকপনা থল্লিবা
ভৌবনা মীগী মাংনবা
পুন্সি থৌদাং ওইরিবা
নোংচুপ চেক্লানি লৌনম্বা
চেক্লা লৌনম মপান্না
চাওথংলবা তাইবংদা
পিক্লবা মৈতৈ সমাজনা
তাহোরে অতোনবা মিয়েংকমদা।

তাং ৩০।১১।৪৫ ইং

## নুংশি-তেংথা

নোনা নুংশিজরুবা
মুজা ঐগী অরাবা
কনাদবু তমশিবা ?
মাঙংবা হা মাঙংবা।

নগাক্পা শকউদবা
নুংশি কাদা পাম্মুবা
থম্মোইগী থংবা ভমত্রবা
নুংশি পাওরোল থাজবা।

নুংশিরবা খোম্থাংনা
হিকইরবা লৈয়েংনা
তম্বীরুনে অমুক্তা
ঈংজরগে থম্মোইদা
লোনম চাওবা মখোইনা
খংসন্নু অবেপ্পা থম্মোইনা।

তাং ১৪। ১২। ৪৫ ইং

## রাখল-নোংলৈ

চাম্নবা য়াম্বী ইপাক্তা
লৌনম চাওবী ইরেন্দা
যৌবন থাওমৈনা তাক্কুনা
রাখল নোংলৈনা হুমত্থনা
পুন্সি হিরেন হোল্লুবা
রাখল রাকয়ৈ থাঙলুবা
লৌনম হিদেন ওইরম্বনা
কায়খিদো রাখল মংলান।

মরিচিকানি থংবদা
ঈয়াইদা লম্মাংলবদা
রাখল মোক্ত ওইরকলে
নোংলৈ মুংশিং হুম্লকলে
নিংবা কায়থগী লৈম্নুংদা
হুর্মাজিনবিরে মমৈথংদা।

তাং ২৯। ১২। ৪৬ ইং

## নুংশি-লৌনম

মুংশি মিংচি উবদা
খাংভমদ্রবা থম্মোইদা
কাওগে নিংখ্রবা য়াখলনা
ওৎলরে অমুক হন্না।

থম্মোই লাইয়ুম কায়নবা
মুংশি লাংদা থুরুবা
আশাগী মংলান কয়াদা
হয়াওহল্লি অরেম্বদা।

নিয়তীগী খুজিন্না
মুংশি মাগী লিচৎনা
খভহন্দে অরেম্না কোবা
ওইহল্লি মুঙনিলক্তা হা;
লৌনম চাওবী নৈরাংশিংগী
'সিওইরেকো মুংশি লৌনমদি

তাং ২৭।৬।৪৭ ইং

## নুংশি-মিংয়েং

কল্লকচাওবা তাইবংসিদা
নুংশি কনাগীনো নংবু?
শান্তি পাম্বা মখোইদা
করিগী পিত্রি শান্তিব?

য়ারবা তাইবংসিদা
করি' পীরি ওলাংমৈচাক
নুংশি মিংচি অমত্তদা
চোরে য়াখল থম্মোই মৈচাক।

তাইবংগী খোংচৎ য়াংমদা
চয়েংনবা লম্বীসিদা
পুন্সি খোদাং কাওহনা
চমলি কোয়রি নংতনা।
পিনৌ নুংশি মিংয়েং'মতা
ওনগে তাইবং মথক মথা॥

তাং ২৭।৬।৪৭ ইং

২১

## করম-খাংনি?

নোংলৈ মুংশিং হৌরকলে
থম্মোই লাইয়ুম কায়রকলে;
শায়বা ওলাং থাদা
খার' য়াকচিং উল্লেল্লক্তা—
মুংশি থৌজাল ভাইজববু
থম্মোই লাইয়ুমদা লাৎচববু
নিয়ন্ত্রী নোংলৈ মুংশিংনা
হুমদোকখরে তাইবং লান্না।

অয়া কোক্লাই নংজরবী
অনং লখা থেংনরবী—
মতম ইপাক্তা লুপখরে
অকাওবা য়ুখল খল্লকলে
মুংশি নংদি লাইবক চাওবী
করম খাংনি মুজা নংদি?

তাং ৩০। ৬। ৪৭ ইং

---

## পুন্সি-খোংচং

কেজ-নৌজবী মহাকনি
অরা' কোবা নংত্রিবীনি
হরাও-ভয়াম লৈছনা
মোমোন মিনোক ওইছনা
পুন্সি 'য়াম্বা লেঙরি
অরা রাথল থল্লুত্রি ;
লম্বীদা লৈবী চাক্লীবীনা
নিজরবা মথোং পায়না
অথাবা মিংয়েং য়েংবনি
খোংপাক্লা লাপ্পা কাওবনি।
(অত্তবু) মতম খোংপাক্লা কাওবনা
(মাস্থ) ওসিদি ওইরে চাক্লীবী
ওরাংতা হরাও নোক্লম্বী
ওসিদি হিক-হিক কপ্‌চরি।

তাং ১১।



# থিজবা

মাবু থিগে লাকপদা
মাবু লৈবা য়েংবদা
মাগী থুৎশেম উরুহ্লনা
লম্মাংনরে ইরায় লায়না।

থাবলগী লুরবা শকফম
থাসিগী ময়' শকওং
অরা অনাগী মিকপ
মুঙাই য়াইফগী মিনোক

উরু তারু পুম্বনা
মিৎকম হোংহন্দবনা
লেপ্লি হরাও মোমোন নোকনা
অরা অনা কাওহ্লনা।
অরা অনা ফংলবদা,
মুংশিজবনা, ফংনি নংগী লৈফম।

তাং ২২।৭।৪৭ ইং

## নুংশি-ঈচেন্দা

কোকচরে ৱাবা মতমকুইনা ভুংদা
ভারতকী ঈশিং থক্লবা চেক্লাচা
পাইখিবা তারে মাগী উমং তম্না ;
শাংলবা মতমগী ওমলবা চীংদা
মনিং তম্বগী ঈচেলনা কল্লবা
চেম্বুরকপদা মনিং মখা তম্না
খিংবা ওমনি কনানা খোনাফবা !
ওম্নরোই থাওবা মপোক অসিমদা

চেক্লা নহুম কায়না তাওরে ঈচেন্দা।
ৱারুনু চেক্লাচা ! পুকচেল চাওবীনি
মহাক্তি, ঈচেলসিগী মবেম্মনি
কায়রবস্ু নহুমদো পীথর্কথিনি
লূর লাইজ, তিন্নখিনি নখোইগা
পূন্নি লেংকদ্রবা নুংশি ঈচেন্দা।

তাং ৫।৮।৪'

## ২৫

### ফজবা

ফজবা। নসিবু করিনো ?
স্বর্গগী নন্দন কাননগী
মাইতোম শাংপী লৈরাংলা ?

করি লমদা শাংপনো
মীওইবৈই থম্মোই লৈকোলগী
তোংশাংনবী শাঁতেল্লা ?

প্রনয়ীশিংগী থম্মোইদা
চুংশিবগা নক্ক পোংশিংদা
নংগী কায়দোং ওইবরা ?

নত্তে নত্তে, নত্তে অমত্তা
তাইবং পুম্বা শুক্সংলিবা
মালং পুম্বা শেম্বীরিবা
মহাক্কী মতিক চাওরবা
থম্মোই' লৈত্তেনি নিংথিবা।

তাং ২১।৮।৪৭ ইং



# চংজকম-উপাল

মশা মরেং ফল্লবা
উনা পুংলবা উপাললনা
পোম্বী চেক্লা কয়াগী
মুংশি কায়দোং শীজরি।

থুংলাম তোয়না কৌরিবা
পুকচেল চাওরবা মহাকনা
পুন্সি সন্ধ্যা মতমগী
'মত্তা ঙাইবা চংজকমনি।

বৈতরনী লানবদা
অচুম্বপাদমক্তি সনাগী থোং শাবনি,
অরানবা মথোই পুম্বদি
লানবনি মৈগী থোংদা;
অতৌবু মহাক্তি, অচুমচুমদা পুম্নমক্তা
'মত্তা ঙায়বা চংজকমনি।

তাং ২৪।৮।৪৭ ইং

## কনা-ওইনি ?

সংসারসিগী মনুংদা
করম্বা পোংশক্কনা
কজবগে খ্বাইদৈই হেন্না ?

তাইবংসিগী 'মুংশিদা
করি করম শকওংনা
মুংশিবগে খ্বাইদৈই হেন্না ?

তিন্নদ্রবা রাখলসিদা
তোঙাল তোঙালবা পোংশক্লা
অতোপ অতোপ্পা শকওংনা

মাগী মাগী মকমদা
মুংশি কজে খ্বাইদৈই হেন্না।
(অন্তবু) য়ানরবা পুন্নমকনা
অমদি কৈরি খ্বাইদৈই হেনবা
কনা ওইনি মহাক অদো ?

তাং ২৮।৮।৪৭ ইং



## থিরিবা-নহাক

নহাক অসি করিনো
করি সমদা লৈবনো
অতিয়াগী মথোংনা
মালেমসিগা শগনকম

অথাপ্পদৈই' লৈবোই নিংবা
চংলূরগা লৈরমদবা
থিক্কয় খাদা পোৎশকলা ?
তাইবংসিদা লৈরিঙৈদা

শকওংলা উবা য়াদবা ?
মীওইবৈই য়াথল য়াংমদা
নতোমতা পোংনা লৈবরা
নত্রগা তাইবংগা মরি লৈবরা ?

মী পুম্বগী য়াথলনা য়েকপা, খ্বাইদগী কনবা প্রতিমা
খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবা নংবু ফংজগেনে ঐহাকনা ।

তাং ২৮ । ৮ । ৪৭ ইং

## ওইন-ত্তেংথা

থংই ঐহাক ওক্তবীনি, পুন্সিন্নারীনা নহাকী
মৈতৈ-সমাজ ইতিহাসতা অচৌ' পন্দুপ ওইখ্রবনি
অচৌ অসাংদি কয়াগী লৈরাং কয়া হুন্দোক্লুনা
ওক্রবী ঐবু নংগীনি থগীরে ঐবু নহাক্না।

কুমজা কয়া হোৌথরে নথুংকী তাওজিং 'হে য়াল্লে।
শাগৈ নাতৈ লৈজদরে মক্লপ মপাং মাংখরে।
নং নত্তনা সংসারসিদা লৈজগ্রে ঐগী কনামত্তা
নংনা ওৎল নৈরগা চৎলুগনি করি লমদা।

করম্না থাংনি ঐহাক্তি, লৌশিনবীরগা নথুংনা
কাওথোক্লগেরা নখোংনা, চংজকমলৈত্র ঐগাকনা
হিক্লা হিক্লা কপ্লগা নংগী থম্মোই পেনগেরা
সমাজগী মিনোক কিদনা ইকাই' কয়া লংশেক্লুনা
নংগী সেবা তৌজরকপা—পেম্নগেরা কাওথোকপনা
নংনবু পেম্নি হায়রবদি থাংজগেনে কপ্পা কপ্পা।

তাং ২৮।৮।৪৭ ইং

## অরেপ্পা-তানবা

অমংবা নোংলক্তা, কুপ্লকপা নোংথাং ;
মুংশিবা উনিংবী, শাবীগী খোংথাং ;
অয়ুক্কী মাপংগী, মুংশিবা লৈনম
মুংশিবীগী, কুইনা ঙাইরবা পাওথুম ;

খেংল 'হিংগী বাঁশীগী মির' খোঞ্জেল
পাম্মুবীগী পুক্লিং, অরেপ্পা রাখল
খংনিংবনা খেংল' পামজবা 'ঙোন্দা
পীনৌ নহাকনা লেংদ্রবা রাখলদা ;

থ্বাইদগী হেন্না ফজবা
থ্বাইদগী হেন্না মুংশিবা
নহাক্কী মুংশি শকওংনা
তাইবং-রাঙ্গোল থারবা
লম্বীদা লাকপা মুঙাইবা
লমজিংনবা ননাক য়ৌনা।

তাং ৩০।৮।৪৭

## মমাগী-থম্মোই

মমা ওইনা পোক্ল' ফাও
মচা মুংশি খঙদ্রবোই ;
তাইবং পুম্বা ঙাল্ল' ফাও
অমম' শরুক লোৎলিবোই।

রারকচেৎপী নহাক্কী
খঙঙমদ্রবা লিচৎসে,
চৎনবী ঈচেল কয়াগী
থৎঙমদ্রবা খোঙচৎসে—

পঙল' থম্মোই শিংথনা
খঙবা ঙম্বা য়াওখিব্রা ?
পুন্সি চুপ্পা মমথনা
মালঙ লাম্না চৎখিব্রা ?

নত্তে 'মত্তা নত্তে, থম্মোইতনি লেঙদবদি
তৌশিন্নবা লক্তা, অচুম্বনা লোৎচবনি॥

তাং ২৪।১২।৪৭ ইং




## হুপা থোদাং উৎকনি

ঈথক চাওনা [illegible]লে, চেকশিল্লু ছিহোনবশা!
হুপা থোঙ্গাং উৎপাদা পুক্নীঙ হনবা তৌরন্নু;
য়েখায়-ঈথক লান্দুনা পম্থুংকম য়ৌরবশা!
[illegible] বাংনা মৈরাদো ভুংগী ছি উহল্লু—

"লানথম ফিরান থেৎপদি ভরাই-তগোক নত্তেক্তো
হোৎনকনবা মাতনা; য়েখায়পুম্বা লান্দুনা
পম্থুংকম য়ৌরক্লবদা মতিক চায় শোয়ৈদো"
মতিক চাবা ওইনবা হোৎনগনি ঐথোইনা।

নোংলৈ হুংশিং লাকপদা বাকয়ৈ শেংনরবস্থু
নপাম্বোমগী পাঙ্গলনা লমথুঙ য়োগে থম্নসি
থবক পাওমত্রবস্থু থাঙৎথক্তা মাঙল'স্থু
অনিঙবগী পাঙ্গলদি মাঙবা নাইহনগন্নুসি।

অনিঙবনা লমজিংনি চেকশিনবনা ঙাক্কনি
তাইবং থৌরম পাংনবা হুপা থোদাং উৎকনি।

তাং ৩।৯।।